**CASH MEMO**

Phone No 433 No

Tel 'Eastend' **EAST END TRADING COMPANY**

**PAONA ROAD IMPHAL**

**Manipur**

Dated

| Sl No | Code No | Description | Rate per unit | | Qty | Amount | |
|---|---|---|---|---|---|---|---|
| | | | Rs | P | | Rs | P |
| | | | | | | | |

E & O E

Manager

Salesman

**Note – Goods once sold will not be taken back.**

# অরায়বা ওডিটিং

## অহানবা পন্দুপ

## ওডিটিং (Auditing)

লম্লোন ইতিক তৌবগী হিসাব বইশিংবু মবি লৈনবা চেশিংগা লোইননা যাম্না কুপনা যেংশিন্নগী মওংবু ওডিটিং হায়বা যাই। অতোংবা অমসুং অমাংবগী একাউন্ট (Profit and loss account) না উৎলিবা অককনবা মতমগী হিসাবশিং অমসুং বেলেন্স সিটনচিংবা (balance sheet) উৎলিবা পুন্নমক চুমলে অমসুং মবম চাদবা হিসাব যাওদ্রে হায়বনচিংবা উৎলিবা মওং পুন্নমকপু ওডিট তৌবা হায়না খঙনবা যাই। অককনবা মতমগী statement of account চুমনা উৎলে হায়বা খঙলগা ওডিটবনা চুমলে হায়না সার্টিফাই তৌদুনা পিগনি।

ওডিট তৌবা হায়বসি হিসাব বইশিংদা ইশিল্লবা অদুগী অঙ্ক তিনশিনবা অমসুং খাইদোকপগী অচুম অবান যেংবদা নত্তনা মবি লৈনবা চে পুন্নমক্কী মতেংনা আয় পুন্নমক হিসাব বইগী চংফম থোকপা বইশিংদা চংলে অদুগা খবচ পুন্নমকসু তৌফম থোকপদা মবমচানা তৌই হায়বগী খঙনবগী মকুওইবা উপায়নি।

**ওডিট তৌবগী মকুওইবা উদ্দেশ্যদি ঃ-**

(ক) হিসাব শুজিনবদা কেবাণীনা লানবা ফাবা (clerical errors)

(খ) মীনম্বা হিসাব শুজিনবা ফাবা।

(গ) নিযম লানবা অমসুং তৌগে হাযবা যাওনা মীনমদুনা শুবা হিসাবগী মওং থিংবা।

শমনা হাযববদা ওডিট তৌবগী মকওইবা থবক্তি অবানবা ফাবা অমসুং মতুংদা অমুক হন্না তৌদনবা, মতম চাবিঙৈদা চুমথোকহৌবনি।

হিসাব লানবা হাযবসি মখল অনিগুনা খায়দোকপা যাই।

(১) Clerical errors – কেবাণীনা লানবা।

(২) Errors of principle
or Principle errors – নিযমদা লানবা।

ওডিট তৌবদা অবানবা থেংনবা পুন্নমক চুমথোকপা যাবা মওং লৈবববদি মতুংদা অমুক হন্না লান্দবা চংনবা যাবা হিসাব শুবগী মওং তাকপিগনি। মতম পুন্নমক্তা ওডিটবনা চিংনবগা লোইননা ওডিট তৌর্বদি চুমদে ইচম চম্না লানখিবা হিসাবকী মওংদি থোইদোক্না কাযবা যাওদে অদুগা মীনমদুনা শুজিনবা হিসাব ওইববদি মদুগী মক ফংনা যেংশিন্দবা যাদে অমসুং মতুংদা অমুক হন্না থোক্তনবগীদমক কন্না যেংশিনগনি।

Fraud হাযবসি শেল নত্রগা পোৎশিং থাঙ্গৈশেংনা misappro priate তৌবা নত্রগা falsifying accounts ওই বসু যাই। Misappropriation of cash হাযবসি অফংবা শেল হিসাবতা চংদবা নত্রগা শেল অদু বাংনা ফংলে হাযবনি। অদুগা নত্তবা অমগী খরচ তৌবা নত্রগা পিথোকফম থোকপা শেলদগী হেন্না পিথোকপনি। মসিগুম্বা মখলগী misappropriation দি ফাবা বাদে। অদুগা misappropriation of goods দি Stock records নিংথিজনা থমদ্রবদি ফাবা লুনা থোকই।

## ওডিট তৌবনা কান্নবা

### মখাগী অসি ওডিট তৌবগী মরুওইবা কান্নবনি ঃ-

(১) Fraud অমসুং errors ফাবতা নওনা চাং-নাইনা ওডিট তৌবনা হিসাব বইশিং শুফম থোকপা পুন্নমক মতম চানা শুখিবনা হিসাব চিংথহৌদ্রে অমসুং খঙ্নিংবা হিসাবকী মবোলশিং বইদগী লাইনা খঙ্বা ঙমই। ওডিট তৌগনি খনবদগী হিসাব শুবা মীশিংসু চেকশিনবা হেল্লি। অবানবা হিসাব থিংনবগী মরুওইবা উপায়নি।

(২) থবক্কী মপুশিংনা মতম মতমগী থাজবা যাবা হিসাবকী স্টেটমেন্ট চুন্না ফংবা ঙম্বনা খবচ তৌবা হেল্লকপা নত্রগা লাকফম থোকপা আযগী মযেং তাবা পুন্নমক মতম চানা খঙবা ঙমই।

(৩) ওডিট তৌবগা হিসাব পুন্নমক থাজফম থোকপনা লল্লোনবদা শেল্লেপ হাপচিনবা নত্রগা অতোপ্পদগী শেল পশিনবা মতমদা খুদোংচাবা ফংই।

(৪) Income tax লেপ্পদা অমসুং ক্ষেতিপুরন তানবদা খুদোং চাই

(৫) লল্লোনলিবা Firm অদু যোন্থোকপদা নত্রগা Joint stock company ওনবদা খুদোংচাবা ফংই

### একাউন্টিং অমসুং ওডিটিং ঃ-

হিসাব চুমনা শুবগী নিয়মনা একাউন্টিংনি অদুগা হিসাব অদু চুম্বা নত্রগা লানব্রা হায়না কুপনা যেংবগী মওংনা ওডিটিংনি। শম্না হায়বদা ওডিটর অমগী মতৌদি হিসাবশিং অদু মনি মখা তন্না কুপনা যে শিনবনি। মহৌশানা ওডিটরনা balance sheet কী মখাদা রিপোর্ট পিরৈ।

**করম্না ওডিট হৌগনি ঃ-**

হিসাব ওডিট তৌবা অরায়বা থবক নত্তে। ওডিটর অমনা হিসাব ওডিট তৌবদা তফিং-তফিং থবক পাইখৎলোইদবনি। অহানবদা হিসাব শুবগী মওং, মবি লৈনগদবা পার্টি, অমসুং মীওইশিং মুন্না খংগদবনি। মহাক্না তৌগদবা থবক্কী থাঙ্গেশেংবা মওং অমসুং পাক-চাওবা হান্না খংদোক্কদবনি। হিসাবশিং internal check তৌব্রা তৌদব্রা হায়বা ৱাফমসু খংগদবনি। হিসাব শুবগী মওংদা অবানবা অমসুং অশোয়বা লৈববদি মদু মুন্না থিগৎলগা মতুংগী শোযদনবা তাক্কনি।

মখংদা হিসাব বইশিংগী মমিং মথা ইবা চে অমসুং থবক শুরিবা মীগী তোঙান-তোঙানবা মথৌ খঙ্দোক্কদবনি।

**Audit Programme ঃ-**

তোঙান-তোঙানবা থবক্কী ওডিটকী থবক পাইখৎত্রিঙৈগী মমাংদা থৌবুনা (Principal) অমসুং থবক তৌবিবা মীওইশিংনা (staff) পাং থোকপা থবক্কী চাওবাকপা মওং (programme) হান্না লেপথোক্কনি। মসিগীদমক তোঙানবা বই অমা থম্গনি। বই অসি থবক-থবক্কী তোঙান-তোঙান থমনৈ। মসি কলম (column) শেংনা-শেংনা খাইদোক্লগা থবক পাইবিবা কেবাণীগী মিংনচিংবা উৎলি।

অকক্নবা মতম, থবক তৌখিবগী তারিখ, অমসুং থবক পাংথোকপদা চংবা মতমনচিংবা শুগাইনা ইদুনা থমনৈ। মসিনা ওডিট তৌরিবা মীশিংদা য়াম্না কান্নবা ঈ-পাও পিবা ঙমই। মদুদসু নত্তনা থবক পুরিবা মকোক (Principal) নত্রগা মাগী Staff শিংনা কবম্বা মতমদা কবম্বা থবক্কী শরুক কয়া তৌরবা কনানা থবক তৌবা অমসুং ওডিট তৌগদবা থবক কয়া যাম্না ৱাৎলিবনচিংবা লোইনা খংবা ঙমই।

কনাগুম্বা অচৌবা দুকান (Firm) নচিংবদি ওডিট প্রোগ্রামগী চৎনবা যাবা মওংগী (Standard form) থম্বা যাওই। মসিগুম্বা মওংসি কনাগুম্বানা পামনদবা যাওই। মসি লৈববদি ওডিট তৌবিবা মীনা মশাগী লৌশিংতনা যেংলগা অশোযবা পুথোকপা অমসুং কাচিন-কোযা শুনা যেংসিনবা বাৎপনা নমই। মতম মতমগী দবকাব মতুংইন্না ওডিট প্রোগ্রাম অসি থবক্কী চান্নবা যেংলগা শেম্বগা মওং খেন্নগনি অমসুং ফবা হেল্লি।

## Audit Notes (ওডিট নোট) ঃ-

ওডিট তৌবা খুদিংগী খুৎলোযবা রেকোর্ড ইশিন্না হাযবসি য়াম্না দবকাব ওই। ওডিট তৌবিঙেদা হংবা ৱাহংশিং অমসুং মদুগী পাওখুমর্নাচিংবা ইশিলগনি। অবানবা অমসুং অশোযবা ফাবা কযামকম ফংলবদি যাম্না চেকশিন্না ইগদবনি। অদুগা মবি লৈনবা চে Vouchers, Invoices, Bill book নত্রগা মব ওইবা Documents মাংখিবা লৈবনসু উৎকনি। কান্নদবা অবানবা ওইববদি ৱাহংর্নাচিংবা যাবিবা মশৈ থাদোক্নবা অমসুং ইদবনা ফৈ। মচং ওইবা থবকতগী। রিপোর্টতা যাওবা চুমই। ওডিট নোট অমসুং Working paper অসি মতুংদা কবিগুম্বা অবানবা থবক্কীদমক মরৈ মেৎনবা নত্রগা লান্দে হাযনা হাযনবকলবা মতমদা ওডিটবনা শন্দোকনা তাকপা ঙমনবগী যাম্না কান্নববা খুৎলাযনি। মসিগুম্বা থৌদোক অসি ওডিট তৌখিবা মতুং চহি কযাদা থোকপা যাই।

ওডিট তৌবদা তোপ-তোপ্পা মচুগী পেন্সিল নত্রগা মুক মচুনা শিজিন্নৈ। হান্না হিসাব শুবদা শিজিন্নবা মুক মচুগা মান্নহল্লোইদবনি। অদুগা পেন্সিলনা হকলিবা মওংসু হান্নগা মান্ননা চিংলোইদবনি। অঙ্ক মযেক লান্না নত্রগা নৈশিন্না ইবা যাওবমলবদি ওডিটবশিংনা মযেক শেংনা অমুক ইদুনা তাক্কনি। Trading period তোঙান-তোঙানবগী পেন্সিল নত্রগা মুক মচু খেন্নহনবা ফৈ।

## অনিশুবা পন্দুপ

# Internal Check

থবক মচা ওইববদি মপু অমত্তনসু মহাক্কী হিসাব অদু মথন্তা লানবা-চুম্বা যেংজবা লাই অমসুং মবক মবক্তা যেংলগা চহিগী ওইবা ওডিট তৌববসু পংলু লুদে। থবকনা চাওবক্লবদা মনুংগী পুম্নমক মপুনা লোইন খংবা অমসুং যেংহৌবা ঙমদবনা নমই। অচৌবা Firm গীদি Internal Checking System লৈবা ঙাকনি। ওডিটরনা থবক চৎথবদা কয়া যাম্না চেক তৌগদবনো হায়বসি Internal Checking System দা যেংলগা খংবা ঙমই। মসিদি ওডিট তৌবা যাম্না খুদোং চাই। কাচিনকোয়া শুনা যেংদ্রবসু যাবা মওং লৈ। চাওবাকপা যেংবদা ওডিটরনা চিংনদ্রবা অমসুং অবানবা যাম্না থেংনদ্রবদি Internal Auditor গী রিপোর্ট যেংলগা থবক লোইশিনবা যাওই।

ঐখোয়না মক ওইবা খংগদবা অমদি ওডিটরনা হিসাব বইশিংদা ইরিবা অদু চুমলে হায়বতা নত্তনা হিসাব বইগী বাংমদা ফাওবা যৌনা Check তৌনবগী থবক পাইখৎকদবনি। হিসাব বইশিংদা চংলিবা হিসাব পুম্নমক ওডিট তৌরিবা মতমগী ট্রানজেকসন শুনা ইশিনলি হায়বা যেংগদবনি। কনাগুম্বনা Internal Checking System লৈববদি হিসাব চুমলমগনি নিংদুনা চাওকান কানবসু যাওই।

করিগুম্বা থবক অমগী অহানবা ওডিট তৌবদা থবক মপুগী মত লৌবসু যাওই। লোইনা তৌবা ওডিট নৎত্রবদি করিগুম্বা ট্রাজেকসন খবদং খল্লগা তৌবসু যাওনৈ। মসিগী মওংদা ওডিট চৎথবা তাববদি ওডিটরনা যাম্না চেকশিন্না Partial Verification গী রিপোর্ট পিগনি।

লল্লোন্‌বা মতম অমগী মনুংদা মবক-মবক্তা ওডিট তৌবগী মওংবু Continuous audit হায়না খংনৈ। মাসি চয়োলগী, থা-মখাইগী নত্রগা থা খুদিংগী তৌবা ওডিটপু খংনৈ।

**কান্নবা ঃ-**

(১) মবক মবক্তা ওডিট তৌবনা অবানবা থুনমক ফাবা অমসুং চুমথোকপা ঙমই।

(২) হিসাব শুবিবা কেবাণীশিংসু লান্দনবা কয়া হোৎনৈ।

(৩) হিসাব পুন্নমক মতম মতমদা শুজিন্নবনা থেংনা হিসাব শুবগী বাৎহৈবা, চিথৌবা অমসুং কানখিবা থোক্তে।

(৪) মতম মতমগী হিসাব যেংনা যেংনা থবক চৎথখিবনা চহি লোইবকপা নত্রগা মবগী Balance Sheet নচিংবা শাবদা পঙ্গদে।

## Internal Checking System না কান্নবা ঃ-

লল্লোনবা নত্রগা বনিজ্যগী শেল থুম শিজিন্নবা সংস্থান অমগী Internal Checking না কান্নবা শবা লে

(ক) থবক তৌবিবা মীশিংনা ফাবা ঙমদবা [illegible] Fraud [illegible] খুদোংচাবা ফংদে

(খ) থবক শুবিবা মীনা পুকচেল [illegible] নৎত্রগা [illegible] তৌবা হিসাব লোয়না ফাবা ঙমই

(গ) ওডিট তৌয়না তৌববদি হিসাব শুবদা লানখিবা [illegible] পুখোক-তুনা, হেন্না যগৎপা মওংদা থুনমক থবক পাইখৎহৌনা যাই। মতুংদা অমুক হন্দনবগী থবক লৌখৎপা ঙমই।

(ঘ) চহি লোইবকপদা ফাইনেল একাউন্ট শাবদা খুদোংচানা ফংই।

## Fraud থিংনবগী মরু ওইবা নিয়মশিং ঃ-

(ক) Business Organisation অমদা মী অমতনা মনিং-মখা তম্না control লৈবোইদবনি। একাউন্ট ডিপার্টমেন্টনা অতোপ্পা ডিপার্টমেন্ট অসৈেদগী মনিং-মখা তম্না লৈগনি

(খ) থবক তৌবিবা মী খুদিংমক্কী মথৌ অমসুং দাযিত্ব শেংনা তাক্কদবনি। মদু তৌববতদা মাগী মাগী দায লৌগদবনি।

(গ) ট্রানজেকসন খুদিংমক মী কযা মকমদা মথং-মথং চংলগা মাগী মবি লৈনবা হিসাব বইদা চংগদবনি।

(ঘ) হিসাব বই খুদিংমক vouchers অমসুং মক ওইবা দলীলশিং তোঙান-তোঙান খাইদোক্কনি অদুগা মবি লৈনবা ফাইলদা হাপচিনগনি।

(ঙ) কেবাণীনা শুগদবা থবক অদু যাবিবা মখোক থবক যামদনবা হোৎনগনি অদুগা অচম্বা অমসুং চৎনবা যাবা মওংদা তৌদোকনি।

# অহুম শুবা পন্দুপ

# Voucher

হিসাব বইদা ইরিবা পুম্নমক ট্রানজেকসন অমগী documentary evidence নি হায়বা যাই। হিসাব য়েংবা মতমদা ওডিটবনা voucher শিং য়েংলক্নি মসি মথং মনাও নাইনা নিংথিজনা লেংশিন্দুনা থমনৈ। ওডিটবনা মরুওইনা য়েংগদবদি voucher গী তারিখ, voucher পিবকলিবা মী অদুগী মমিং ১সুং কন্নাদা পান্দুনা ইরকপগে হায়বা ১সুং শেলশীং মুন্না য়েংগদবা ওই। voucher খুদিংদা ইবিবা মবোলগা ট্রানজেকসন্দা ইবিবা মবোলগা মান্নে মান্নদে হায়বসু কুপনা য়েংগদবনি। কনিংশ্বাদা vouchers মাংখিবা যাওই। মাংখিবা থোক্লবদি মবম পিবগা অতোপ্পা list অমা শেমগনি অমসুং দাখিংদা লৈবা ওস্পা মীওইনা সাইন তৌগদবনি। ওডিটবনা voucher শিং য়েংখংলদা মকপুইনা কেশবুকতগী হাল্লা থীগনি অমসুং মসিনা ওডিট তৌবগী অহানবা পাইকং ... কনি।

## কেশ বুক vouching ঃ-

মখাগী পিবিবা থীরমশিং vouching না কান্নবা পি ঃ-

(১) অফংবা শেল অমসুং পিথোকপা শেল পুম্নমক হিসাব চংলে হায়বা।

(২) হারবিবা অফংবা শেল পুম্নমক অমসুং পিথোকপা শেল পুম্নমক মাগী মাগী মবি লৈনবা, চমফম থোকপা হিসাব বইদা ইশিল্লে হায়বা।

(৩) মবম চাদনা নত্রগা মীনমদুনা শেল পিথোকপা তৌদে হায়বা।

(৪) হিসাব লোইবদা তাবকপা খুৎতা লৈবা শেল (closing cash balance) অমসুং বেঙ্ক বেলেন্স নচিংবা চুম্না পুথবকই হাযবা।

কেশ বুক যেংবা মতমদা ঐখোযনা চেকশিনগদবদি নুমিৎ খুদিংগী লাকলিবা শেল (daily cash receipts) পুম্নমক অহানবদা receipt book তা চংলব্রা যেংগনি। মদুগা লোইননা নোংম-নোংম অফংবা শেলগী অপুনবগা কেশ বুকতা ইশিনবগা চানব্রা যেংগদবনি। মসিদগী হেন্না লুবা অমনা, পিথোকলিবা শেল পুমনমক নিযম চুম্না পিবিব্রা নত্রগা কবম্না নওংদা payment control তৌবগে খংগদবনি। কনানা cheque সহি তেবগে হাযবসু যেংগনি। পুমনমক অসি যেংলকপদা মৃংগী অকাযবা লৈববদি ওডিটবনা শেল পিথোর্কাখিবগী voucher নচিংবা চুমই হাযনা লৌবোই অমসুং মদুগী মবমদা পাওখুম পিবা ঙম্বা মীনা শুগাইনা ইদুনা পিগদবনি। মতুংদা তৌদনবগী মওংসু তাক্রমগদবনি। cheque পিবা মতমদা কানানা সহি তৌবগে যেংগনি অমসুং Bank acount অদু মা অনি নত্রগা অহুমনা operate তৌব্রা যেংগনি।

## কেশ ট্রানজেকসন

কেশিযাবনা অফংবা শেল (cash receipt) পুম্নমক বিসিভ তৌহনলবা অমসুং মতম কক্তনা পাইদুনা থম্বা যাবগী মওং লৈববদি হিসাব লান্না শুজিন্দুনা fraud তৌবগী খুদোংচাবা লৌবা যাওই।

শেল ফংবা অমসুং শেল পিথোকপদা মখাগী নিযম খবসি ঙাক্লগনি ঃ

(১) চিঠি লাকপদা দাযিত্ব লৈবা মীনা হাংগনি। Cheque Bank draft, Postal order নচিংবা crossed তৌবা ওইনা থাহনলক্কনি। অবাকপা cheque পুম্নমক যাবিবা মখৈ থুংনমক বেঙ্কতা থাজিনগনি।

(২) শেল নত্রগা cheque হেক ফংবদা বসিদ কক্তুনা ফংলে হাযনা খংহনগনি।

(৩) বসিদ বুক পুন্নমক শো লোনবা উপুদা চেকশিন্না থমগনি। Issue book অমদা মথং মথং পিথোক্কনি। লান্দুনা ককথৎপা নত্রগা শেগাযবনচিংবা মাংহন্দনা বসিদ বুক্তা ফাজিন্দুনা থমগনি।

(৪) Cheque ইবগা কেশ বুক শুবা মীগা তোঙান তেঙানবা ফে। কেশিযাবনা কেশ বুক্তগী হেন্না অতৈ হিসাব পাইহন্দবা চুমই।

## Cash Sales :

অচোইবা পোৎ যোনবা দুকানগী কেশ শোইদনা নিংথিজনা থমনবগী নিযম লৈ। অচৌবা দুকানগী মী যাম্না লৈবনা মাগী মাগী মথৌ শে না পিননবগী নিযম চুম্না থবক চৎপা ওমই। পোৎ মখল যাম্না যোনবা দুকানগীদি পোৎকী মতুংইন্না নত্রগা কাংলুপ-কাংলুপকী Cash sales কী তোঙানবা মাই অমসুং খুদক খুদক্তা থংনবগী অবাযবা উপায লৈ।

(ক) Salesman খুদিংগী লাইনা থংনবা নম্বর নত্রগা মহেক তমমম লৈগনি। খুদম ওইনা salesman নম্বর অমনা কি, salesman নম্বর ২ না খোংউপ, নম্বর ৩ না খাদি তমসুং ৪ না শাম তুম্বিৎ থংনগনি। মখোয খুদিংমক্কী কেশমেমো বুক অমমম পিগনি মাদুগী নম্বর ববর ষ্টাম্পনা নমগনি।

(খ) তোঙান তোঙানবা Department শিংনা শিজিন্নবা Cash memo book কী চেমচু শেংনদা নত্তনা থাবিবা নম্বরনা ববস্থা Deptt নো হাযবা লাযনা পুথোকপা ওমই

(গ) Salesman না শেল লৌশিন্দনা কেশিযাবনা খুদক খুদক্তা শেল লৌবগী মওং লৈববদি পোৎ লৈবা মীদা কেশ মেমোগী কোপি অনি পিবগা, কেশিযাবদা শেলগা লোইননা পিশিনগনি। শেল লৌবগা কেশ মেমোদা

paid না নমলগা পোৎ লৈবিবা মীদা পিথোকলক্কনি। মাদু উৎলগা pack ing section দগী পোৎ লৌই। মাসিগী নিয়ম অসি যাম্না চাওবা দুকানসিং না তৌনৈ। নুমিৎ নুমিৎকী কেশ পুমনমক চুম্বা লানবা যেংনবদা যাম্না খুদোং চাই। কেশ মেমোশিংগী অপুনবা শেলগী হিসাবশিংগা কেশিয়াবগী শেল অপুনবা ফংবগী হিসাবকা চানববদি চুমলে হায়না লৌবে অমসুং মতম মতমগী হিসাব চুম্না থম্না নিয়মনি হায়না লৌবা যাবে।

(ঘ) হিসাব লৌশিনবা মতমদা sales section না sales statement অমা ইগনি। কেশিয়াবগী sales memo গা চাংদমনবগা কেশ বুক্তা চংগনি।

## Cash Payment :

কেশ অবাকপদা চেকশিনবগুম, শেল পিথোকপদসু চেকশিনফম থোকপা মবম লৈ।

(ক) যাবিবা মখে শেল পিবগী থবক অসি cheque ককলগা পিগদবনি। অচোযবা শবা মচা মচাদি petty cash তগী চৎনগনি। শেল পিতোকখিবগী বাসদ থমগদবনি। মদু মথং মনাও নাইনা নম্বর থাগদবনি

(খ) অফিসতা লৈবিবা কেশ বেলেন্স অসি মবক মবক্তা কেশ বুক্কী বেলেন্সকা চাংদমনগনি অমসুং চুমই হায়না সাহি তৌগনি।

(গ) Chequeপুমনমক মী অনি নত্রগা অহুমনা সহি তৌবগী নিয়ম লেবা কৈ।

(ঘ) শেল অদু পিখ্রিবা মীগী মিং (payee) অদু কেশ বুক্তা চুমনা ইব্রা যেংগনি।

## Petty Cash :

(১) খরচ মচা মচা চৎপগীদমক ভোঙাননা কেশ বক অমা থমনৈ মাসিবু Petty cash book হায়না খঙৈ। লুপা খব খাইদোক্লগা Petty cashier দা খরচ মচা চৎনবগী থমনৈ। মসিনা থবক্তা অপনবা পিদনবনি।

(২) খরচ খুদি গী voucher চুমনা থমগনি অদুগা মাগী মগী column দা ইশিনগনি।

(৩) Petty cash book অদু voucher শিংগা লোইননা থা খুদিংগী যেংগনি।

ওডিট তৌবা মতমদা অচৌবা খরচ petty cash দগী পিদে হায়বা যেংগনি। অদুগা Petty cashier দু Imprest Cheque নগুনা অতোপ্পা শেল লৌশিনহনলোইদবনি খরচ পুন্নমক মখম চানা চংই চংদে যেংশিনগনি Petty cash গী cheque কক্লিবা অদুগা Petty cash book দা চানব্র যেংগনি। থা খুদিংগী খরচ চৎখগা লেমহৌবা শেল অদুগী মখক্তা Imprest amount অদু যাঁনবা হেক হায় চিংনি চংলিবা খরচ পুন্নমক মখম চাই চাদে হায়বদি ওাডটবনা মুন্না যেংগনি

### তলব অমসুং কমিসন ঃ-

তলব যেনবগী বইগা অমসুং কমিসন বুক্কা চানবা যেংগনি। তলব লৌবা মী খুদিংমক সহি তৌব্রা যেংগদবনি। শেল হেনগৎনা পিবা থোকলবদি মদু চুন্না authorise তৌব্রা যেংগদবনি। ওডিটবনা মবি লেনবা চে পুন্নমক যেংবা চুমই। কবিগুম্বা বিজোলুসন তাবগা হেনগৎপা তলব ওইববদি মবি লৈনবা বিজোলুসন মুন্না যেংগনি। কম্পানীগী ওইবগা Board's minute book অদু যেংগদবনি।

## পোৎ লৈবগী মমল পিবা ঃ-

পোৎ লৈবগী Cash memos অদু ওডিটবনা মুন্না যেংগনি। লৈবিবা পুন্নমক চুমনা লৈব্রা যেংগদবনি। পোৎ শোৎতুনা লৈবগা শেল পিববদি Purchase invoice অদু যেংগনি। মসিগুম্বা মওংদা শেল পিববদি মবক মবক্তা statement থাবকপা অদু Ledger accounts গা চাং তমনদুনা যেংলগা দাযিত্ব লৈবা ওফিসাবনা payment অদু pass তৌই তৌদে হায়বসি ওডিটবনা যেংশিনগনি।

## Bank Charges :

হৌজিক্তি বেঙ্কতা একাউন্ট হাংদোক্তুনা শেল থমনবনা নমলে। লল্লোনবা কাংবু অমসুং ক্লবনচিংবসু বেঙ্কতা শেল থমনৈ মদুগী Bank charges কেশবুক্তা ইশিনগনি। মসি Bank pass book কা যেংগনি।

## মরি শুবা পুন্দুপ

# কেশ বুক্কগী পোষ্টিং তৌবা

কেশ বুক ইরিবা হিসাবশিং য়েংলবা মতুংদা ওডিটরনা পোষ্টিংনাচিংবা শুগায়েনা য়েংগনি। কেশবুক্কী Debit side তা লৈবা আইটেমশিং অতোপ্পা মরি লৈনবা হিসাব বইগী credit মাইকৈদা য়েংগনি। অদুগুম্বা কেশ বুক্কী credit মাইকৈদগীনা একাউন্ট অতৈগী debit তা য়েংগনি। আইটেম খুদিংমক Ledger accounts শিংদা চুমনা চংলে হায়বা য়েংগনি।

**INVOICE :**

Invoice হায়বসি পোৎ য়োম্থোরপদা পিথিবা অমসুং পোৎ লৈশিনবদা মীনা থারকপা মখল অনি গুই। Invoice চেক তৌবদা মখাগী হিরম খর অসি চেকশিনগনি ঃ-

(১) Invoice 'অদু client অদুগী মিংদা শেমই।

(২) Invoice খুদিংদা পোৎ ফংলে হায়বা সহি তৌব্রা, রেট চুমনব্রা, অদুগা শেল পিথোকপগী মতিকচাবা মীনা pay order তৌব্রা।

(৩) Invoice কী তারিখ অদু লল্লোনলিবা মতমগী মনুংদা তারিব্রা।

(৪) Creditor গী Purchase Journal দা চুমনা ইব্রা অমসুং trade discount ককথৎলগা অতাবী শেলশিংদা ইব্রা।

(৫) Invoice খুদিংমক ষ্টাম্প নম্বা নৎত্রগা ওডিটরনা সহি তৌরব্রা।

লৈকুবা পোৎশিংগী অচুম চুমদা Invoice গা চাংদম্নদুনা যেংবসি ওডিটবগী মক ওইবা মথৌনি। মসিদা মানা যেংবদা অচুম্বগী খুদম ফং লবদি ট্রানজেকসন অদু লান্দনা অমসুং শেংনা চৎথবে হায়না লৌবা যাবে। ওডিটর না Goods Inward Book মুন্না যেংগদবনি। মসিগা লোয়ননা Invoice file অদুসু যেংগনি। অদুগা purchase book চেক তৌবদা ওডিটরনা চেকসিনগদবদি হায়বিবা পোৎশব অমত্তবু অনিবক হন্না লৈবকগী মওংদা ইশিনলব্রা যেংবনি। Purchase invoice যেংলবা মতুংদা ওডিটবনা purchase journal শিং posting তৌবা যেংগদবনি।

## Sales Journal :

Credit sales গী মতাংদা ওডিটবনা outward invoice মুন্না যেংগনি। পোৎ চেক্লকপগী মওং অমসুং পোৎ থাদোকখিবগী নিয়ম মুন্না খংবা তাই। হিসাব লোইশিনলমদাই চযোল শবগী মমাংগী Sales Book অমসু Returns Inwards Book তশেংনা যেংগনি। চহি লোইনমদাইদা পোৎ যান্না যোনবা থেংনবদি পোৎ অমতা closing stock পাইখৎপদা অমুব হন্না ইদ্রে হায়বসি ওডিটবনা মুন্না যেংগদবা ওই।

## Bill Receivable Book :

বই অসিদা ইবিবা বিল পুন্নমক ওডিটবনা কুপনা যেংগনি। বিলশিং posting তৌবা যেংগদবনি। Ledger দা লৈবা Bills receivable গী বেলেন্সকা খুত্তা লৈবা unmatured bills গী মুট অদুসু মান্নে মান্নদে হায়বা যেংশিনগদবনি।

## Bill Payable Book :

বই অসিদা উৎলিবা mature ওইদ্রিবা বিলশিংগী মুটকা Ledger দা

উৎলিবা bills payable account কী credit বেলেন্সকা মাপ্পৈ হাযবসি ওডিটরনা য়েংগনি।

মথল মখা অয়াম্বা বইশিংগী vouching লোইনা য়েংলবা মতুংদা ওডিটরনা অরুবা থবক খর পাইখৎপা য়ারে। মদুদি General ledger চেক তৌবা, Profit and loss acount অমসুং Balance sheet নচিংবা য়াম্না কুপনা ওডিটরনা য়েংগদবনি।

## মঙা সুবা পুন্দপ

# General Ledger

Subsidiary books অযাম্বগী posting যেংলবা মতুংদা ledger দগী লৌখৎলিবা Trial Balance তা উৎলিবা পুমনমক চুমই চুমদে যেংবনি। General Ledger হাযবসি Balance sheet শানবগী মচাক পুমনমক ফংনবা পুক্কি অমনি হাযবা যাই। মসি চেক তৌবদা ওডিটবনা যাম্না হৈ শিংবা, চেকশিনবা মওং লৈগনি। চেকশিনগদবা বাফম অমনা Assets ১সুং Liabilities গী opening বেলেন্স চুননা পুথোকলকপ্রা যেংবনি। মসিগুমনা closing balance শাবদা পুথোকপ্রা অমসুং মখোযশিং Balance sheet তা যাওবব্রা হাযবনি।

## Trial Balance :

Trial balance শাবদা ফল তাদ্রবদি ওডিটবনা মখা হিবম খবসি যেংলগা অশোযবা ফাবা যাই।

(ক) Debtors অমসুং creditors গী লিষ্ট অদু যেংগনি অদুগা Personal অমসুং Impersonal ledger দগী পুথবকপা বেলেন্সশিং চুমই, চুমদে যেংগনি।

(খ) শোইনবিবা শেলশিং অদু ট্রাইযেল বেলেন্সকী শাবিবা অদুদা যাওবব্রা যেংগনি কবিগুম্বা অনিবক হন্না ইদুনা শোইবসু লৈ।

(গ) শেল চাওনা শোইনবা ওইববদি হৌখিবা চহিগী Trial bal ance গা চাংদমনগনি।

(ঘ) শেল মচেৎ তাদবা খেন্নবা ওইববদি তিনশিনবদা নত্রগা ledger book তগী বেলেন্স পুবকপদা মপুম ওইনা চিৎথবা ওইবমগনি

(ঙ) Subsidiary books দগী মবক মবক্তা posting তৌবদা লানখ্রবা হায়না যেংবা চুমই।

(চ) Opening balance অদু চুমনা পুবকই হায়বসু যেংগদবনি।

(ছ) পুম্নমক যেংলবা ফ'ওবদা অশোযবা ফাবা ঙমদ্রবদি post ing অমসুং তিনশিনবদু অমুক হন্না মকোক্তগী হৌদুনা যেংবা তাই।

## Final Accounts :

ট্রায়েল বেলেন্সগী অচুম চুমদা যেংবা লোইবগা ওডিটবনা P & L a/c যেংবা হৌগনি। মসিদা চংলকলিবা খবচ পুমনমক অমসুং আয় পুমনমক চুম্না লৌখৎলে যেংগনি।

## Trading Accounts :

Trading account দি পোৎ লৈকবা অমসুং যোল্লোকখিবগী মমল অমসুং চহি শোইবদা লেমহৌবা Closing stock শ দা ইগনি। অদুগা Direct charge হায়বদি ভাবা, Insurance, duties শিংবত্তম তা যাওগনি।

## Purchase :

শেল থিদুনা অমসুং শোৎতুনা লৈকবা পোৎ পুমনমক, হায়বিবা মতম অদুদা অমুক যোল্লোকনবা লৈকবা পোৎ মখৈদি যাওগনি। ওডিটবনা

যেংগদবদি লৈকবিবা পোৎ খুদিংমক Purchase book তা চংলব্রা অদুগা লেমহৌবিবা পোৎশিং Closoing stock তা পাংখৎলব্রা হাযবা যেংগনি। Invoice সু মতাং অসিদা যেংগনি।

## Freight, Carriage & Cartage :

পোৎ চংলকপদা চৎপা খবচ পুম্নমক direct charge ওইবনা পোৎকী মমল হেনগৎফম থোকই। মসি মুন্না যেংশিনগনি যোম্লোখি বদা চৎখিবা খবচতি মসিদা যাওহনলোই।

## Sales :

মসিদা শেল থিবগা পোৎ লৈখিবা অমসুং শেল শোৎতুনা (credit) লৈখিবা পোৎ পুমনমক যাওগনি। হাযবদি cash sales অমসুং credit sales পুন্না পার্গনি। মসিদা যেংগদবদি যোনথোকখ্রবা পোৎকী হিসাব closing stock পাবদা যাওই যাওদে অসিনি।

## Dock Dues অমসুং Clearing Charges :

পোৎ লৈকবগী খবচনা Trading account দা চংগনি অদুগা পোৎ যোনবদা চৎখিবা খবচ ওইবগা Profit and loss account দা যাওগনি।

TRADING ACCOUNT
FOR THE YEAR ENDED .. ...

| Dr. | | Cr. | |
|---|---|---|---|
| To Stock opening Rs... ... | | By sales ............... | Rs.......... |
| ,, Purchase | ..... | ,, Less returns | .. .. |
| ,, Less returns | ....... | ,, Closing stock | . ... |
| ,, Freight | ... . | | |
| ,, Duty | . . | | |
| ,, Carriage inwards ... . | | | |
| ,, Gross profit | . . | | |
| | Rs . . | | Rs .... ... |

## Stock In Trade :

Closing stock লৌখৎপসি ওডিটরনা মুন্না য়েংফম থোকপনি। মসি চুমনা লৌখৎপনা অতোংবা নত্রগা অমাংবা পাবদা য়ান্না মতেং পাংই।

Stock in trade should be valued at cost or market price whichever is the lower at the date of stock taking

ওডিটরনা Stock sheet য়েংগনি অমসুং আইটেম খরগী মমল অদু Invoice কা লেইননা য়েংগনি। য়াম্না চেকশিনগদবা অমনা sales book তা ইরিবা পোৎশিংবং য়াওশিনদ্রে অদুগা stock তা লৌখৎলিবা পুম্নমক Purchase book তা চংলে হায়বা য়েংগনি। অরোইবদা Stock sheet অদু চুমলে হায়না Partners নত্রগা মেনেজরনা নত্রগা মেনেজিং ডাইরেক্তরনা সহি তৌই হায়বা য়েংগনি.

## Profit and Loss Account :

একাউন্ট অসিদা চংলকলিবা আইটেমশিং মুন্না য়েংগদবনি। খরচকী আইটেমশিং মতম অদুগী মনুংদা থবক অদুগা মরি লৈনবা খরচ ঙাকতনি য়েংগনি। মদুগুম্বা আয়শিংসু য়েংগনি। Profit and loss account শাবগী থাঙ্গৎশেংবা উদ্দেশ্যাদি অক্কনবা মতম অমগী মনুংদা Net profit নত্রগা Net loss চুমনা পুথোকপনি। মতাং অসিদা Capital গা Revenue গা খেন্নবা য়েংগনি। হান্না পিথোকখিবা খরচ (Prepaid expense) নৎত্রগা হান্না ফংবা আয়শিং (Income recveived in advance) চুম্না পারে হায়বসু য়েংগনি। Outstanding liabilities পুম্নমকসু চুম্না পারে হায়বা য়েংগনি। মদুদি--টেলিফোনগী খরচ advance payment তৌবা ঙাকনি। হৌজিক্তি তৌদ্রে monthly payment system লৈরে। P & L a/c শাবিবা মতমগী খরচতমক পারে হায়বসি য়েংগনি।

PROFIT AND LOSS ACCOUNT

FOR THE YEAR ENDED .......

| Dr. | | Cr. | |
|---|---|---|---|
| To Salaries | Rs...... | By gross profit | Rs..... .... |
| ,, Rent & Taxes | ....... . .... | ,, Cash discount received | .. ... |
| ,, Printing & stationaries | ....... .. ... | ,, Interest on money deposite | ...... |
| ,, Telephone charges | ....... ...... . | ,, Income from any other sources | ...... |
| ,, Audit fees | ........ | | |
| ,, Light charges | .. ..... | | |

| Dr. | | Cr. |
|---|---|---|
| ,, Advertising | . . ..... | |
| ,, Carries outwards | ..... .. | |
| ,, Packing charges | . ...... | |
| ,, Travellers' salaries | ..... .. | |
| ,, Expenses & commissions | .... | |
| ,, Cost of samples | .. . | |
| ,, Drepreciations | ... ... | |
| ,, Net profits | .. . | |
| | Rs. ....... | Rs . ...... . |

# তরুক শুবা পন্দুপ

# Balance Sheet

ইবোই লোইবদা ওডিটবনা চেকশিন্না যেংগদবা Balance sheet অসিনি। কবিগুম্বা লল্লোনবা অমগী অশেংবা Assets ১সুং Liabilities না Balance sheet তা চুন্না পুখৎলগা financial position অশেংবা তাকপা ঙম্বনা Assets অমসুং Liabilities পুন্নমক চেকশিন্না মমল লেপ্পনি। Assets কী মমল লেপ্পদা Over valuation নত্রগা Under valuation নত্রগা Liabilities হন্দোকলম্বদা শেন্দোং যাম্না থিনা শোকই। মসিগী মতাংদা ওডিটবনা যাম্না চেকশিন্না যেংলবদি Balance sheet চুন্না শাবে অমসুং লল্লোননগী State of affairs নিংথিজনা উৎলে হাযবা ঙমই।

BALANCE SHEET
AS ON

| Liabilities | Rs | Assets | Rs |
|---|---|---|---|
| Capital | | Cash in hand | |
| Sundry creditors | | Cash at bank | |
| Loan | | Investment | |
| Bills payable | | Sundry Debtors | |
| Outstandings liabilities for expenses | | Bills receivable | |
| | | Losses tools | |
| | | Land | |
| Net profit | | Plant & Machinery | |
| | | Furniture | |

| Liabilities | | Assets | |
|---|---|---|---|
| | | Building | ........ |
| | | Stock in trade | . . . |
| | | Good will | ..... |
| Rs . . | | Rs | . . . |

## সিয়ার কেপিটেল Public Company

লিমিটেড কোম্পানীগী সিযার কেপিটেল অসি অনৌবা এক্কী মতুং ইন্না অনি থোক্না খাইদোকই মদুদি Ordinary share capital অমসুং preference share capital, মসি নত্তবা সিয়ার কেপিটেল অতৈদি লৈবা য়াহন্দ্রে।

Ordinary share capital লৈবা মেম্বর খুদিংমক কোম্পনীগী রিজোলুসন খুদিং থন্নবদা ভোট থাদবগী অধিকার লৈ। মহাক্কী ভোটিংগী অধিকাব অসি কোম্পানীগী Ordinary share capital গী চাংদা লেপকনি। অদুগা preference share holders শিংদি মাখোইগী preference share গী থাফমগা মরি লৈনবা রিজোলুসন্দা ভোট পিবগী অধিকার লৈগনি।

## Dividends :

কোম্পানীগী শেন্দোং লৈরবা মতমদতা সিয়ার হোল্ডরশিংগী dividend পিগনি। মখাগী মীওইশিংদি কোম্পানীগী ওডিটর ওইনা খনবা য়াদে ঃ-

(ক) A body corporate.

(খ) কোম্পানীগী অফিসার নত্রগা খবক তৌবা মীওই।

(গ) কোম্পানীগী লুপা ১০০০ দগী হেন্না তোনবা মী।

(ঘ) কোম্পানীগী Managing Agent ওইবা নত্রগা firm অমগী Director ওইবা মী।

কোম্পানীগী হিসাবকী বইশিং কোম্পানীগী ওডিটবনা মতম পুম্নমক্তা যেংবগী খুদোং চাবা পিগদবনি। কোম্পানীগী অফিসাব পুম্নমক ওডিটবনা তানবা অমসুং হংলকপা ঈ পাউ পুম্নমক পিগদবনি। ওডিটবগী রিপোর্ট অসি কোম্পানীগী জেনেরেল মিটিংদা পাংথোক্কনি অমসুং মেম্বর খুদিংনা যেংবা যাগদবনি।

কোম্পানীগী চহিগী জেনেরেল মিটিংদা ওডিটর খনগদবনি। নুমিৎ তরেৎনিগী মনুংদা ওডিটর হাপালে হাযবা পাও পিগদবনি নুমিৎ ১০ নিগী মনুংদা কোম্পানীগী ওডিটর ওইবা যানি হে নত্রগা যানিংদে হায়গা মরোল Registrar দা ইদুনা খংহনগদবনি।

মাইহৌশানা কোম্পানীগী ওডিট হৌদ্রিংদে ওডিটবনা সেক্রেটারীদগী হিসাব বইশিংগী মমিংনচিংবা লৌগনি মদুগী মতুংদা থবক হৌগনি Memorandum অমসুং Articles of Association prospectus অমসুং contracts নচিংবা যাম্না চেকশিন্না পাগনি।

## Statutory Report :

লিমিটেড কোম্পানী খুদিংমক থবক হৌবা যরে হায়বা নুমিৎতগী থা ১ দগী তাদনা অমসু থা ৬ তগী হেন্দবা মতমদা মিটিং অমা কৌগনি। মদুবু Statutory Meeting হায়না খংনগনি। মিটিং কৌগদবা নুমিৎ ২১ নিগী মমাংদা Board of Directors শিংনা মেম্বরশিংদা রিপোর্ট অমা পিগনি মদুদা যামদ্রবদা Director অনিনা চুমলে হায়না সহি তৌগনি।

## বেলেন্স সিট ওডিট তৌবা ঃ-

পব্লীক কোম্পানীগী অহানবা চহিগী ওডিট তৌবসি ওডিটবনা যাম্না চেকশিন্না যেংলগা অশেংবা রিপোর্ট অদু সিযাব হোল্ডরশিংদা পিনবা তৌগদবনি। Fixed assets কী আইটেমশিং পুম্নমক যাম্না চেকশিন্না যেংগনি। Liabilities আইটেমশিংবু মুন্না যেংলগা আইটেম চিংথদে অমসুং মমল হয়থনা পাদ্রে হায়বসি ওডিটর মশানা পেন্নবা তৌগদবনি।

## Valuation of Assets :

কোম্পানীগী Assets কী মমল লেপ্পগী মতাংদা মত তোঙান তাঙান পিনা যাওই। কনাগুম্বনা Assets কী মমল লেপ্পসি assets শি অদু যোনবা তাংবদা ফংবা যাবা শেল অদুদা চুমই হায়না লৌনদে। বেলেন্স সিত শাবদা asset কা মমল চুমনা লেপ্পা হায়বসি যাম্না মককুইবা থবক ওইনে। ওঁতাবনা মাসগী মতাংদা চেকশিনগনি মযাম্না চুমলে হায়না পানবনা। নির্ণয়গী মতুংইন লেপপা asset না বেলেন্স সিটতা যাওবনি চইংগী মতুংইন নামচান থবা Balance sheet নি হায়বা যাবে

## Stock In Trade :

লক্লোনবগী শোন্দা চুম্না পুখাল্লগদমক চাঙ্গী মমদা লৈবা Closing stock গী valuation চুম্না তৌবনি। Asset কা মমল চুম্না পুথোকপসি ওডিটরগী মক ওইবা মথৌনি মুন্না থিজিন্দনা Trading Accountগী ফলদগী চুমলে হায়না certify তৌনবাদি ওডিটর অমনা মহাক্কী তৌফম থোকপা মতৌ পাংথোকত্রে হায়বা যাই। ওডিচনা পোৎ খুদিংমক পাইদুনা value লেপকদবগী বাফম নত্তে। মাহাক্না যংবা যাবা খবা যেংলগা নিয়ম কাইদবা ফংলবদি মহাক্না পেল্লে হায়না certify তৌই।

## তরেৎ শুবা পন্দুপ

# ওডিটরনা য়েংশিনগদবা খর

(১) Stock taking গী মওং অমসুং মমল লেপলিবা নিযম য়েংশিনগনি।

(২) মমল পাবা অমসুং শেল তিনশিন্নবা চুন্না য়েংগদবনি।

(৩) আইটেম খব খনগৎলবা Invoice কা চাংদম্নদুনা য়েংগনি।

(৪) হৌখিবা চহিদা লেপ্পা মওংগা মান্নবা মমলদা চহি অদুগীসু লেপই লেপতে য়েংগনি। চহি অদুগী gross profit কা হৌখিবা চহিগী শেন্দোংগা চাংদম্নদুনা য়েংগনি।

(৫) পোৎ যোম্বোকখ্রগা পোৎতি Deliver তৌদ্রিবা অমসুং পোৎ লৈকবিবশিং Invoice Book তা চংলব্রা হাযবা য়েংগদবনি।

(৬) Consignment দা থাখিবা পোৎকী মশিং চাং অমসুং মমল মুন্না য়েংগনি।

(৭) থম্বদা মশা শোক্রবা পোৎ অমসুং যোম্বোকপা বাবগদবা পোৎশকশিংগী চাং লেপকনি।

(৮) পোৎ শাবদা মপুং ফানা লোইদ্রিবগী (unfinished goods) মমল লেপই লেপতে হাযবা য়েংগনি।

চহি লোইবদা stock taking গী মমল অসি লৈকব্বা মমলদগী হেন্না লেপ্পদে। কবিওম্বা বাজাব দনা লৈকুবা মমলদগী হৃহুনা লৈববদি,

বাজাব দনা ফাওবা মমল লেপনৈ। মথক্তা হাযবিবা নিযম অসি চৎনদবা পোৎ খবদি লৈ মদুদি যু লল্লোনবা, উ লল্লোনবা অসিনচিংবা। হাযবিবা পোৎশক খব অসিদি, চহি খুদিংগী মমল হেনগৎলকপদা পোৎকী Original cost তা মবমচাবা percentage খব হাপ্লগা valuation তৌনৈ।

**খবব কাগজ, মেগাজিন অমসুং লাইবিকনচিংবা ফোংবা ফার্মশিংগী ওডিট তৌবদা যেংশিনগদবা খব ঃ-**

(১) Subscription অমসুং Advertisement গী বসিদ বুক চেক তৌগনি।

(২) খবব কাগজ যোনবা এজেন্টনচিংবদা থাখিবা মশিং অমসুং যোন্দবা মশিং হঞ্জিলকপা মুগ্না চেক তৌদুনা যেংগনি।

(৩) Advance লৌসিনবগী হিসাব যেংগনি।

(৪) লাইবিক ইবশিংগা ইনবা agreement যেংগনি।

(৫) যোন্দ্রবা লাইবিক পুম্নমক মমলদগী হেন্না লেপলোইদবনি ১ সুং ফোংলিবা লাইবিকনা যোনবা ওমদনা লৈবর্বদি মমল হস্থনা লেপকনি

(৬) খববগী অমসুং Journal গী Contributors গী পিখিবা শেল অদু মখোইনা শেল ফংলে হায়না পিবকপা বসিদকা চাংদমনদুনা যেংগনি।

(৭) ব্লোক অমসুং Types কী মমল লেপ্লগী মওং যেংগনি।

(৮) ছাপা নম্বগী মেছিন অদু চামদা ৭ / গী হিংদা Depreciate তৌগনি। অদুগা মযেকনচিংবনা চামদা ৩৩'/. গী হিংদা তৌগনি

(৯) Copy rights চহি চহিগী হন্না value লেপকনি। যোন্দবা লাইবিক পুম্নমক sales account তা চল্লি-চন্দে যেংগদবনি।

(১০) তাবিবা মযেক অমসুং চে মচেৎ, লাইবিকনচিংবা যোনবগী মমলশিং হিসাব বুক্তা চংলে অমসুং চুম্না সার্টিফাইড তৌবে হায়বা যেংশিনগনি।

(১১) Goods account দা দবকাব লৈতবা আইটেমশিং যাওই যাওদে যেংগনি।

**ক্লবশিং ঃ-**

(১) ক্লবকি নিয়মবালী অমসুং বিজোলুসননচিংবা মুন্না পাগনি।

(২) Entrance fees অমসুং মেম্বরগী Subscriptions নচিংবা রসিদ বুক্কী লমায মচেৎকা যেংনগনি। Subscription Register দা ইবিবা পুন্নমক্কী অপুনবা শেলগা কেশবুক্কী অচংবা শেলগা যেংনগনি।

(৩) Subscription পিদ্রিবা মেম্বরশিংগী লিষ্ট যেংগনি

(৪) ক্লবকী লৈবিবা পোৎচৈগী stock sheet কমিটিনা নত্রগা তৌফম খোকপা মীনা সার্টিফাইড তৌবে হায়বা যেংগনি।

(৫) কমিটিগী বিজোলুসননচিংবা মুন্না শেংলপ' খরচ পুন্নমক চুম্না তৌবে হায়বা যেংগনি।

(৬) চহিগী হিসাব পুন্নমক্কী Receipts & payments account শাব্রা যেংগনি ক্লবকী মাল-চাং, ফণ্ড অমসুং assets পুন্নমক চুমই-চুমদে যেংগনি।

(৭) উপ্‌, খুৎশু-খুৎলাই, যুমনচিংবা assets শিং মবম চানা depreciate তৌবে হায়বা যেংগনি।

## স্কুলনচিংবা ওডিট তৌবদা য়েংগদবা খর ঃ-

(১) স্কুলগী নিয়মাবালী ওডিটনা মুন্না পাগনি। মেনেজিং কমিটি নত্রগা গভর্নিং বোর্ডগী রিজোলুসন পুম্নমক যাম্না মুন্না ওডিটনা পাগনি। অদুগা হিসাবকা মরি লৈনবা পুম্নমক চুম্না পাংথোক্লে হায়বা য়েংগনি

(২) ছাত্রগী রেজিষ্টারগা ফিস (fees) কাবকপগা য়েংগনি অমসুং রসিদবুক্কী লেমাযগা কেশবুক্কা য়েংগনি।

(৩) মিংচনবগী শেল ফিস চানা লৌবা অমসুং মিংচনশেলনচিংবা ফিস থোকপা পুম্নমক কমিটিগী রিজোলুসন তাদুনা লৈ হায়বা য়েংগনি।

(৪) খরচ পুম্নমক মরম চানা কমিটিনা যানা তৌই হায়বা য়েংগনি

(৫) স্কুলদা ওবাশিংগী ওলন হেনগৎপনচিংবা কুপ্পা য়েংগনি।

(৬) স্কুল শংঙাংচিনা শাবগী খরচ পুম্নমক মেনেজিং কমিটিগী রিজোলুসন চাদনা সেক্রেটরী নত্রগা Building construction Sub Committee না পাংথোকখ্রে য়েংগনি

(৭) স্কুলগী দরকারচিংবা তৌবকপা মথৌ মুন্না য়েংগনি দানচিংবা কৌবকপা শেল অদু specified purpose গী শিজিন্নবা হায়রবসি ওডিটনা য়েংগনি।

(৮) কনাগুম্বা দান পৌবশিংনা ভাককনবা খরক্কী (specific purpose) দাগ তৌবকপা শেল দু অপোক্পা থবক্তা শিজিন্নবা থাক্রবদি ওডিটনা মদু মাগী রিপোর্টতা শেংনা ইদুনা তাকনি। অদুগা শিজিন্নখিবগী মরমসু শুগায়না হংগনি।

(৯) Grants in aid নচিংবা Govt দগী ফংলবদি মদু মুন্না যেংগনি।

(১০) Assets অমসুং Liabilities পুন্নমক যান্না চুন্না Balance Sheet তা পুখৎলে হাযবা যেংগনি।

(১১) ওডিট তৌবগী মতম মনুংদা কবিগুম্বা Capital expenditureগী খবচ তৌববদি মদু ওডিটবনা কমিটিগী বিজোল্যুসনগা verify তৌগনি।

**হোটেলগী ওডিট তৌবগী মবম ঃ-**

(১) Internal Check লৈব্রা যেংগনি। কেশ বসিদ অমসুং waiters শিংগী হিসাবকা অমসুং কেশিযাবনা পিবা শেলগী হিসাবকা মান্নব্রা যেংগনি।

(২) বসিদ বুক অমসুং কেশ বুক যেংগনি নুমিৎ খুদিংগী ফংলকপা অমসুং চৎখিবা হিসাবকী তোঙানবা statement লৈববদি মদুগা কেশ বুক্ক চানব্রা যেংগনি।

(৩) কেশ মেমোনচিংবা মথং মনাও নাইনা পিথোকপ্রা ১সুং মধক মবক্তা চেক তৌব্রা যেংগনি।

(৪) Purchase invoice চুন্না থমই অমসুং revenue charge অমত্তা Capital account দা চংদে হাযবসু যেংগনি।

(৫) থবক শুবগী পিবা মমল অমসুং তলবনচিংবা বীল নিংথিজনা শাবগা পী হাযবা যেংগনি।

(৬) হোটেলগী ষ্টোক নিংথিজনা পাখৎলি হাযবা যেংগনি

(৭) যুম শেম্বগী নত্রগা decoration গী খবচ চাওনা তৌবা ওইববদি মদু চহি ২ নত্রগা অহুমদা যেহ্নোক্লগা খবচ পাগনি।

(৮) Capital expenditure পুন্নমক কুপ্না য়েংগনি।

(৯) Assets শিং মতিক চানা depreciate তৌরে হায়বা য়েংগনি।

ওডিটরনা হিসাব পুন্নমক য়েংলগা পেল্লবা মতমদা Balance Sheet কী মখাদা পিফম থোকপা রিপোর্ট ইদুনা পি। মাদুবু Auditor's Report হায়না খঙনৈ।

**মখাদা খদম পিরি ঃ-**

To the Members,

I/We have audited the balance sheet of............ .... as at 31st March 1970, and also the attached profit & loss account of the . ..... .. .. . for the year ended on that date and report that :-

(i) I/We have obtained all the informations and explanations which to the best of my/our knowl edge and belief were necessary for the Purpose of my/ our audit

(ii) In my/our opinion proper books of ac counts as required by law have been kept by the exami nation of the books.

(iii) The Balance sheet and profit & loss account draft with by the report are in agreement with the books of account.

Auditors

Date ......... ...... . ..... . ..... .... .... .

# ওডিট তৌবদা য়েংগদবা মরু ওইবা খরা

## (a) Purchase Book ওডিট তৌবদা ঃ-

(১) Inwaid invoice ঙগী entries পুম্নমক মুন্না য়েংগনি (ক) তাবিখ (খ) পোৎ যোল্লকপা মীগী মিং, (গ) শেলশিং।

(২) Purchase Book কী তিনশিন্নবা ফল

(৩) Fntry অমতা চিংথদনা চংলে হাযবা।

(৪) মাংখিবা Invoice অমসুং Dueplicate ফংবশিং।

(৫) Suppliers গী personal A/C গী credit posting সিং য়েংশিনগনি

(৬) Invoice খুদিংমক মথং মনাও নাইনা নম্বর পান্দুনা থমই হাযবা।

## (b) Sales Book ওডিট তৌবদা ঃ-

(১) Outward Invoice কী entries পুমনমক চেকশিন্না য়ে গনি।

(২) শেল তিনশিনবা চুম্না য়েংগনি।

(৩) Outward Invoice মাংখিবা থোকলবদি মদুগী মশিং।

(৪) Entry অমতা ইশিন্দবা যাওদে।

(৫) Customer গী personal A/C গী debit তা posting তৌবা য়েংগনি।

(৬) Sales Invoice পুম্নমক মথং মনাও নাইনা নম্বর পান্দুনা থমই থমদে য়েংগনি।

(৭) Invoice খুদিংমক তৌফম থোকপা মীওইনা সহি তৌই হাযবসু য়েংগনি।

# কেশ বুক চেক তৌবদা

## (ক) কেশ ফংলকপদা ঃ-

(১) ফংলকপা শেল পুম্নমক কেশ বুক্কী লমাইদা চংলে হাযবা যেংগনি।

(২) Cash sales দি Cash memo গা চানব্রা যেংগনি।

(৩) Debtors শিংদগী ফংলকপা শেলদি Receipt book কী counterfoil গা চানব্রা যেংগনি।

(৪) কমিসননচিংবা ফংলকপসু মদুগা মবি লৈনবা statement গা চানব্রা যেংগনি।

## (খ) শেল পিথোকপদা ঃ-

(১) শেল পিথোকপা পুম্নমক তাবিখ, মমিং ১সুং শেলশিং চুস্রা যেংগনি।

(২) Payment গী মবি লৈনবা হিসাব যেংগনি মাদুদি ঃ-

(ক) থবক শুবগী পিখিবা ওইবগা wages sheets যেংগনি।

(খ) তলবকীগী Salaries book যেংগনি।

(গ) Devidends ওইবগা Devidend Warrants যেংগনি

(ঘ) Hire purchase payments ওইবগা মদুগী agreements যেংগনি।

(ঙ) Partner firm দগী শেল লৌথোকপা ওইবগা Drawing book কা চানব্রা যেংগনি।

(চ) Bank charge অমসুং Interest ওইবগনা Pass book তা যেংগনি।

## Petty Cash Transaction চেক তৌবদা ঃ-

(১) কেশ বুককী Inprest cheque যেংগনি।

(২) পিখোরখিবা খরচ পুম্নমক voucher লৈব্রা যেংগনি।

(৩) কলম-কলমগী তিনশিনবা চুম্না যেংগনি।

(৪) অবানবা পুম্নমক পুথোক্কনি।

(৫) Voucher মাংখিবা লৈববদি মদুগী মশিং ইখৎকনি।

## Stock-In-Trade চেক তৌবদা

(ক) Stock কী মমল লেপ্পগী মওং অমসুং stock certificate যেংগনি।

(খ) Stock sheet কী তিনশিনবা যেংগনি।

(গ) পোৎ খবগী মমল অদু Original invoice তা ইবা মমলগা চুমনব্রা যেংগনি।

(ঘ) পোৎকী মমল লেপ্পগী নিযম অদু চুম্না নত্রগা মবম চান্না যেংগনি।

(ঙ) Sales book তা ইশিনখ্রবা পোৎকী মমল অমুক হন্না পাশিনবা যেংগনি।

(চ) Bonded warehouse ও দা লৈবিবা পোৎশিংগী মমল মবি লৈনবা document শিংগা যেংনগনি।

(ছ) Branch যাম্না লৈবা firm গী পোৎশিং অযোনবা মমলদা পোৎ থাখ্রবদি মমল লেপ্পা মতমদা লৈরুবা মমলদা (cost price) লেপকনি।

(জ) Stock কী Market price না লৈরুবা মমল হাযবদি cost price তগী হন্থখ্রবদি stock কী মমল অদু অতোবা মমল Market price তা লেপকনি।

(ঝ) শোকলবা, শিজিন্নবা য়াদ্রবা পোৎকী মমলদি পোৎ অদু য়োম্ভোকপদা শিৎপা য়াবা মমলদা (realisable price) লেপকনি।

" The valuation of stock-in-trade should be made on the basis of cost or market price whichever is the lower". – মসি কাওরোইদবা রাফমনি।

## Finished Products :

১) করিগুম্বা পোৎ অমা শাবগী অচংবা মমল– Cost of Manufacture অদু করম্না পুথোকপগে য়েংগনি।

২) পোৎকী actual cost অদু শেন্দোং হাপ্লোইদবনি।

৩) থবক পুরিবা Secretary, Manager নত্রগা Director দগী পোৎকী মমল চুম্না লেপলে হায়বগীcertificate অমা লৌগনি।

## Reserve Fund :

কোম্পানী শরদি Articles of Association না য়াবা মতুংইন্না করিগুম্বা শেল থরা নত্রগা শেন্দোংগী (Net profit) চামগী হিংদা পাবা চাং অমদা Reserve fund দা credit তৌনৈ। মসি চাংহ খুদিংগী শেন্দোং য়েঙ্খোকত্রিঙেদা হান্না খাকহৌগদবনি।

Fixed asset কী মমল (value) অদু write up তেগে নিং লবদি মাদু Capital reserve তা credit তৌগনি অদুগা Reserve fund দদি credit তৌরোই।

Reserve fund অসি সিয়ার হোল্ডরশিংগী devidend পিবদা নত্রগা exceptional losses কী মতাংদা শিজিন্নবা য়াই।

## Commercial Terms

| | |
|---|---|
| Advance – | লল্লোনবদা পোৎ থাদ্রিঙৈদা নত্রগা ফংদ্রিঙৈদা মমলগী শরুক খর হান্না পিবা। |
| Agreement – | করিগুম্বা থবক অমা তৌসি নত্রগা তৌরনুসি হায়না কাংবু অনিনা য়ানবা মওং। |
| Ad Valorem – | মমলগী মতুংইন্না হায়বনি। মমলগী মতুং ইন্না পোৎ import নত্রগা export তৌবদা লৌবা duties. |
| Accepting House – | হুণ্ডি কাইনবগী মফম। |
| Abstract Book – | মচং লৌখৎপা বই। |
| Affidevit – | রাশক য়াবা অফিসার অমগী মমাংদ অইবা চে পারগা রাশকপগী statement নি। |
| Allonge – | Bill of exchange নত্রগা cheque তানপ্পা চে মচেৎ অমা। |
| Ante-date – | তরিখ হৌখ্রবা মতুং (back date). |
| Agent – | লল্লোনবদা কনাগুম্বগী মহুত্তা থবক চখবা ঙম্বগী অধিকার লৈরিবা মীবু এজেন্ট কৌই। |
| Articles of Association – | কোম্পানীগী থবক চৎথনবগী নিয়ম য়াওবা মরুওইবা document অমনি। |

Assets — লম্লোনবগী লৈরিবা মাল-চাং, শেল, পোৎচৈবু Asset কৌই।

Auditor — হিসাব বইশিং, একাউন্ট vouchers শিংবু চুম্না চুমদ্রব্রা হায়না য়েংববু ওডিট তৌবা হায়না খংনৈ। য়েংলিবা মীবু auditor কৌই।

Balance of Trade — দেশ অমগী import অমসুং export কী শেলগী value খেন্নবদা শিজিন্নবা ৱাহৈনি। Import কী value না ex port তগী হেল্লগা favour able balance অদুগা import না হেল্লগা unfavourable balance of trade হায়না খংনৈ।

Bank rate — Bill of exchange গী বীলশিং discouting তৌবদা Bank না লৌবা দর।

Barter — পোৎকা পোৎকা ওন্নবা।

Broker — দালালী চাবা মী।

Business cycle — কারবাবগী খোংচৎ।

Bale — ফিনা, বোডানচিংবা য়োম্বা পোৎ ময়োম অচৌবা।

Bounded Warehouse __ Importer না duty থিদ্রিঙৈদা পোৎ থম্ফমগী Warehouse

| | |
|---|---|
| Bounded goods – | Customs authorities supervision মখাদা warehouse তা থম্বা পোৎ (goods). |
| Bottomry – | Bond given by the captain of the ship |
| Bullion – | Gold or silver bars |
| Chamber of commerce – | লম্লোন ইতিক তৌবশিংগী অপুনবা সংস্থান। |
| Charter party – | A contract made by the owners of the ship and the charterers for the hiring of a vessal |
| Clearing House – | একাউন্টশিং চমথোক্লবগীদমক লিংবা organisation |
| Cargo – | The goods carried by a ship |
| Cost sheet – | মমল লেপ্পগী চে। |
| copy right – | সত্ব। |
| Cost price – | অচংবা মমল। |
| Deed – | অইবা দলীল। |
| Demurrage – | কবিগুম্বা পোৎ অককনবা মতমদা লৌথোক্তবগীদমক Railway, shipping com |

| | |
|---|---|
| | pany অমসুং Transport company না লৌবা জরিমানা অমনি। |
| Dead loss – | পুম্মাং মাংবা। |
| Devidend – | সিয়ার হোল্ডর অমনা মাগী সিয়ারগী ফংবা শেন্দোং। |
| Duty – | A tax imposed on marchandise -- খাজনা মখল অমা। |
| Earnest money -- | Sum paid in advance by a purchaser to the seller so as to make agreement binding on binding on him. |
| Trade Mark – | Particular name or symbol. মসি রেজিষ্টার তৌনে। |
| Turnover -- | Total sales. |
| Voucher -- | Document supporting a transaction. |
| Indent -- | An order for goods received from an agent abroad. |
| Invoice -- | পোৎ অয়োনবা মীনা অবৈবা মীদা পোৎ থাখ্রে হায়না থাবা অইবা চে (statement) |
| Market price – | কৈথেলদা চৎনরিবা পোৎকী |

| | |
|---|---|
| | মতম মতমগী মমল। |
| Mortgage – | Act of furnishing immovable property as security against a loan |
| Letter of credit – | A letter wirtten by one banker to another requesting the latter to pay a certain sum of money to the person named therein |
| Post date - | future date |
| Sterling – | British currency |
| Gilt Edged secrities - | Safe and first class securities |
| Syndicate – | লম্লোনবগী ট্রানজেকসন চৎথনবগীদমক পুনশিনবা Organisation অমনি। |
| Stop a cheque – | বেঙ্কতা cheque পিখিদনবা হাযবা। |
| Vendor – | পোৎ নৎত্রগা মাল চাং যোনবা মী। |
| Free Trade – | Import নৎত্রগা export dutie বাংনা লৌবা তৌদনা foreign trade তা অপনবা পিদবগী মওংনি। |

| | |
|---|---|
| Face value – | চৎনবা মমল। |
| Free A longside ship – | Shipping term নি। |
| Freight – | পোৎ থাদোক থাজিন খরচ (ভারা)। |
| Floating policy – | মফম অমতদা লৈতবা পোৎশিং insure তৌবগী শেল খরগী policy অমনি। |
| Drawback – | পোৎ থাদোকপদা (export) হান্না পিখ্রবা duty অদু Importer ১দা হনববু Draw back হায়না খংনৈ। |
| Lay Days – | জাহাজদা পোৎ হাপচিনবা নৎত্রগা লৌথোক্লবগী নুমিৎ খব পিববু Lay Days হায়না খংনৈ. |
| Embargo – | জাহাজ নত্রগা পোৎ চৎপা য়াদে হায়বা গবর্ণমেন্টকী হুকুম। |
| Fiducity ban – | শেল পুরিবা মীগী মশাগী security দা Loan পিবা। |
| I.O.U. – | পার্টি অমনা অতোপ্পা অমদগী শেল পুবগী written acknowledgement নি। |

JOHNSTONEGUNJ
ALLAHABAD
January 10/1966

Mr S K Nandi
I O U Fifty Rupees (Rs 50)

G Kulachandra Sharma

Cheap Money – শোন্দোই পিক্লা পুবা যাবা শেল।

Dear money – পুথোকপা যাবা শেল (loanable money) বাৎলবা অমসুং শেন্দোইনা চাওনা লৌববদি শেল অদুবু dear money হাযনা খংনৈ।

Call money – বেঙ্কনা অমসুং bill brokers না শেন্দোই পিক্লা শেল পুথোকপগী মওংনি। শের্লাদি হেক হাযবকপদা শিংগদবনি। নোটিশ পিবদগী পুং ২৪ গী মনুং দা শিংনৈ।

Over trading – মী অমগী শক্তিগী বাংমদা লল্লোনবা মওং।

Ring - পোৎকী মমল নৎত্রগা পোৎথোক কনট্রোল তৌনবগী লল্লোনবা কাংবু তিন্নবা মওং।

Window Dressing – দুকান্দা অয়োনবা পোৎ-চৈ ফজনা, লুনা display তৌবা খংনৈ।

| | |
|---|---|
| | মসি বেঙ্ককী Balance sheet তা মশাগী ওইরিবা ফিভমদগী হেন্না ফজনা উৎপা মওংদা হায়নৈ। |
| Pro-Forma – | Pro-forma invoice হায়বসি consignor না consignee দা পোৎকী মমল নচিংবা তাকপা invoice অমা থাবা অদুনি। |
| Price Current – | লপ্লোনবা মীশিংনা প্লীকতা য়োল্লিবা পোৎকী মমিংশিং অমসুং চৎনরিবা মতম অদুগী বাজারদর ফোংবা চেনি। |
| Prospecturs – | A document containing information of a company for attracting investment in the company. |
| Quotation – | The price & terms upon which a firm/person is willing to sell goods. |
| Wet goods – | মসি groceries, রং, থাওনচিংবা মহি ওইবা পোৎশিংদা শিজিন্নে। |
| Working partner – | কনাগুম্বা partner না শেলদি পুথোকতবা অদুগা নোম্বা অমসুং থবকতদি হৈসিংবা মীদুনি। |

Dormant partner – Partnership firm অমা শিংবদা থবক য়াওদবা শেলদি পুথোকপা মীওইবু খংনৈ।

Per Pro - For and on behalf of মসি কনাগুম্বা অমনা অতোপ্পা অমগী দমক সহি তৌবদা খংনৈ, সহি অদু তৌবা য়ানবগীদমক power of attroney কৌবা দলীন অমা পিগদবনি।

## RECEIPTS & PAYMENTS ACCOUNT
## AND
## INCOME & EXPENDITURE ACCOUNT

Receipts and payments account হায়বসি কেশ বুক্কী শমলপ্পা মওংনি। মসি opening balance ডগী হৌদোকলকই। খবচ পুন্নমক credit কী মাইকৈদা ইশিল্লী। অবোযবগী হিসাবতা (closing balance) খুত্তা নৎএগা বেঙ্কতা লৈবা শেল উৎলি। মসিগী একাউন্ট অসি শেন্দোং তান্দবা, ময়ামগী যাইফনবা তৌবা এসোসিয়েশন, ক্লব, মরুপ অমসুং লাইব্রেরীনচিংবনা শাবগা চহি লোইরকপদা জেনেরেল মিটিং নচিংবা মেম্বরশিংদা শেল-থুমগী হিসাব চুমই-চুমদে উৎপদা শানৈ।

**খুদম ঃ-**

Imphal Public Club, Brahmapur গী Receipts and payments account মখাগী অসিগুম্না শানৈ।

| | | | |
|---|---|---|---|
| অফংবা (Receipts) ঃ- | দান | — — লুপা | ৫০০/- |
| | চান্দা | — — ,, | ২১২/- |
| খবচ পিথোকপা (payments) ভারা | | — — ,, | ৪০/- |
| | চেনচিংবা লৈবগী | ,, | ৫৬/ |
| | ক্লব মোরামত তৌবগী খরচ | ,, | ২০০/- |
| | অতোপ্পা খরচ | ,, | ২০/- |
| | তাং ৩১।১।৭১ ইংচা খুত্তা লৈবা শেল | ,, | ৩৬/- |
| | ,, ,, ,, ,, বেস্কতা লৈবা শেল | ,, | ৩৬০/- |

ক্লব অসি জানুয়ারী তাং ৩১ দা ওইবা Receipt and payment A/c শাদুনা যেংশি।

# Receipts And Payments Account

FOR THE YEAR ENDING 31. 1971.

| 1971 Jan. 31 | | Rs P. | 1971 | | Rs. P. |
|---|---|---|---|---|---|
| | To Donation [ ডান ] | | Jan 31 | By Rent .. | 40.00 |
| | ,, Subscription [ চান্দা ] | 500.00 212.00 | | ,, Stationary ... | 56.00 |
| | | | | ,, Repairing charges ... | 200.00 |
| | | | | ,, Misc Expenses .... | 20.00 |
| | | | | ,, Cash in hand c/d | 36.00 |
| | | | | ,, Cash at Bank c/d | 360.00 |
| | Rs. | 712.00 | | Total : | 712.00 |
| 1971 Feb. 1 | To Cash in hand | 36.00 | | | |
| | ,, Cash at Bank b/d | 360.00 | | | |

মসিগী একাউন্ট অসি শারগা ক্লবকী Secretary অমসুং Chairman না সহি তৌগনি। মসি ওডিটরনা হিসাব বাইশিং চেক তৌরবা মতুংদা চুমলে হায়না certificate অমা পিগনি।Auditor না Certify তৌরবা একাউন্ট অসি জেনেরেল মিটিংদা পুথোকনৈ।

Income and Expenditure Account – মসি থাঙ্গেশেংবা Profit andd loss Account নি তৌইগুম্বসুং শেন্দোং তান্দবা সংস্থানশিং দি P& L a/c শানদে। মসি Profit and loss Account গুম্না শাই। Debit মাইকৈদা খরচসিং অদুগা Credit মাইকৈদা অফংবসিং ইসিল্লগনি।

চহিগী লোইবদা Balance sheet শাবা য়াই। অদুগা Receipts and Payments Accounts দি Balance sheet শাদে।

Auditor certificate অসিগুনা চন্না পিবা য়াই।

I have audited the Receipts And Payments Accounts of Imphal Public Club for the year ending 31.1.71 and report that

(1) I have obtained all the informations and explanations which to the best of my knowledge and belief as necessary for the purpose of my audit.

(2) The said Receipts and Payment Account is drawn up in accordance with the books of account of the club and

(3) In my opinion, the Receipts and Payments Accounts exhibits a true and correct view of the state of affairs according to the best of my information and explanations given to me.

Place .............. Signature ..............

Date .............. Auditor.

## Abbreviations

| | | | |
|---|---|---|---|
| A/C | Account Current | Dft | Draft |
| A/C | Account | D/D | Demand Draft |
| Acct | Accountant | Div | Devidend |
| Ads | Advertisement | Dis | Discount |
| Adv | Advice | Dr | Debtor |
| Ad Val | Ad Valorem | Dy | Delivery |
| Agt | Agent | D/O | Delivery Order |
| A P | Additional Premium | D/N | Debit Note |
| | | Exch | Exchange |
| A/S | Account sale | E & O E | Errors and Ommissions Excepted |
| A/R | All risks | | |
| | At the rate of | | |
| Bal | Balance | Encl | Enclosure |
| B/d | Brought down | F p | Fire policy |
| B/f | Brought forward | F o | Firm offer |
| B/L | Bill of lading | Fol | Folio |
| B/P | Bills payable | F o b | Free on Board |
| B/R | Bills Receivable | F o r | Free on Rail |
| Bxs | Boxes | F o s | Free on steamer |
| B E | Bills of Exchange | I o u | I owe you |
| B O | Branch Office | Inv | Invoice |
| Brl | Barrel | Ince | Insurance |
| Bkg | Banking | J/a | Joint account |
| C/d | Carried down | L/a | Letter of authority |
| C/f | Carried forward | L C | Letterof Credit |
| C I F | Cost, insurance, freight | Ltd | Limited |
| C I F C | Cost, insurance, freight commision | M/A | Memorandum of Association |
| C/N | Credit Note | Mfg | Manufacturing |

| | | | |
|---|---|---|---|
| C W O | Cash with order | M/R | Mate's receipt |
| C O D | Cash on delivery | | |
| Cr | Credit | Mss | Manuscripts |
| Con Inv | Consular invoice | % | Percent |
| °/00 | Per thousand | V p p | Value payable post |
| Pkg | Package | Vol | Volume |
| P/c | Price current | Via | By way of |
| P s | Post script | W B | Warehouse book |
| Pcs | Pieces | Wt | Weight |
| P/n | Promissory note | W w | Warehouse warrant |
| Pro | For | | |
| Re | With reference to | X c | Ex coupon |
| Rly | Railway | X d | Ex devidend |
| S S | Steam ship | X in | Ex interest |
| Sine die | Indifinitely | Yd | Yard |
| Sq | Square | Yr | Year |
| T B | Trial Balance | G A | General average |
| T T | Telegraphic Transfer | M I P | Marine Insurance Policy |
| T M O | Telegraphic money order | L I P | Life Insurance Policy |
| T L | Total loss | O P | Open policy |
| T E | Trade expenses | P &L | Profit and loss |
| | | C/P | Charter party |

---

